# মাগী মৈচাক

With love and dedication,

To

" Abhilasha ",

Whom I promised for this

book of poems,

— হাওরোংবম পরিমল সিংহ

**Magi Meichák** :

A book of poems in Manipuri by H. Parimal Singh, Bantarapur, P. O. Sundari. Dist Cachar (Assam); and published by Lal Babu Singh.

Price : Rs. four and twenty five paise only.



অহানব মতাম : ফেব্রুয়ারী, ১৯৮৩ ইং

অকোংবা : শ্রী লাল বাবু সিংহ
এ. আই. আর গৌহাটি ।

উনমকোন : দি ডোমিনিয়ন প্রেস, ইলাহাবাদ—১.

মখুম : শ্রী অভিজ্র নাথ মুখাৰ্জী ।

কপি মশিং : ৫০০

মাগী মৈচাক

মমল : লুপা ৪-২৫ ( মরি পৈসা কুনমঙা ) ।

শেখল তেংবাংবিরকপা মরূপশিং ঃ—

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ১। | লাইশ্রম অতেন সিংহ | | লুপা | ১৫০.০০ |
| ২। | খুরাম ইন্দ্রবাবু | ,, | ,, | ১০০.০০ |
| ৩। | ,, শ্যাম | ,, | ,, | ১০০.০০ |
| ৪। | কৈশাম ইবোহল | ,, | ,, | ১০০.০০ |
| ৫। | মোইরাংথেম কিশোর কুমার | ,, | ,, | ৫০.০০ |
| ৬। | রঘুমনি সেরাম | | ,, | ৫০.০০ |
| ৭। | ক্ষেত্রিময়ুম বিনোদ কুমার | ,, | ,, | ৫০.০০ |
| ৮। | অহোংশাংবম একেন | ,, | ,, | ৫০.০০ |
| ৯। | এম. বিমোল | ,, | ,, | ২৫.০০ |
| ১০। | ও. রঘুমনি | ,, | ,, | ২০.০০ |
| ১১। | এম. বিরেন | ,, | ,, | ১০.০০ |

ঐনা মরূপশিংবু থরায় হকচাং য়াওনা থাগৎচবগা লোয়ননা ঐগী মরূপ বিশ্বজ্যোতি ঘোষ অমসুং দুর্গা ব্লোক য়ার্কসকী প্রোপাইতারবুসু থাগৎচরি । মখোয়গী লমনসু শিংওমদনা তোনশিল্লে ॥

অইবগী কোংলব শৈরেং লাইরিকশিং :

(১) উৎকী মপৈ

(২) মাগী মৈচাক

অইবগী কোংলগদবা :

(১) অপাইব লৈচিম ** ( ড্রামা মচা পুনশিনবা )

(২) দি ট্রেডিসন ওফ মনিপুরী লিতরেচর

(৩) সাহিত্যগী নৈমরারেং

** এ. আই. আর. শিলচরদা " অপাইব লৈচিম " হায়ব লাইরিকসিগী মমিং লৌরিব ড্রামা মচাসি তাং ২৫/১/৮১ ইংদা য়ুথ্ ফ্রোন্ট, বনতারাপুরনা শাৱখ্রে ।

# — য়াহৈ থরদং —

থোদোক য়াথোকতমা থল্লব পৃথিবীনি। নং-ঐনা মীৎ উইশিন্দুনা নত্রগা, না মেনশিন্দুনা উথ্রোয়, তাথ্রোয় হায়রুনা লৈথোকপা ওম্ব নত্তে। লেপতনা চৎলিবা মতমগী খোঙচৎকা লোয়ননা মাগী তম্পাক্ত থোক্লিব থোদোকশিংসিনা ঐগী কোকত এক্সন—রিএক্সনগী লোয়ব নাইত্রব লীপুন অমা ওইহল্লি। অম্বুম্বা থম্মোয়দা পানব চৈনা চৈথেংশিংসিগী মহাকথক্কগী য়েম্নিং হুনখি "মাগী মৈচাক" মৈতৈ সাহিত্য লৈকোন্দ। ঐগী য়াথলগী পান্দম, খুৎলৌশিন—খুঙ্কোংদোক্ত কয়ামুক মপুং; ফারবগে হায়বহুদি ঐন্দু খঙজদে। লোয়ননা থোদাংসিমক সমাজ অমদি সাহিত্যবু নৈনরিব ওঝাশিংগী মফমদা শিন্নজরি।

লাইরিকসি পুথোক্লব লাক্লবদা প্রুফকী মতাংদা মশাগী অচিনব থবক কয়া কায়থোকপিহুনা তেংবাংবিখিবা ঐগী মরূপ শ্রী য়ুম্নাম ইন্দ্রবাবুগী লমন তোনশিজরে। অমরোমদা ঐবু থোনা হাপ্লিবত্তা নওনা শেল— থুমগী মতেং পিবিরিবা ঐগী মুংশিরবা মরূপ-মপাংশিংগী লমন য়াম্ন চাওনা তোনশিজরে। মথোয়গী তেংবাং নংলমত্রবদি লাইরিকসি পুথোক্লম্মোয়।

অরোয়বদা মকমসিগী ডোমিনিয়ন প্রেসকী প্রোপাইটরনা হৌজিন হৌজিন অরান অহুই চুমথোকপিবগী থুদোং চাব পিবিবত্তা নত্তনা অরিকপা মমন্দা নম্বিবা য়াবিবগীদমক থাগৎচরি।

কুলভাস্কর আশ্রম পি. জি. কলেজ — ময়ামগী
ওফ এগ্রিকলচর, ইলাহাবাদ — পরিমল
ফেব্রুয়ারী ১, ১৯৮৩ ইং

**লৈচন :—**

# মাগী মৈচাক

নহাক পৃথিবীসিবু নুংশিবিব্রা
মহাক্কীদমক মীকুপ মত্তুং থম্থবিব্রা ? ?
মতুদি মালেম লৈমসি হিংসন্নু
ইংনা পুক্লিং মন্না তপ্না ।
নহাক পৃথিবীসি নুঙাইরমনি থল্লিবনা ?
ঐখোয়গী ইচরিৎতা, ইরাংলদা
ঐখোয়গী লৈঙাকলোনগী পথাপতা, ধর্মনীতিদা ।
চুম্মি, ইশা ইশাংগী ওইবা
মোত লৈজৈ তোঙান তোঙানবা,
অত্তবু হিংমিন্নবা হায়বা ৱাহংগী ৱাংমদা ।
' ঐ ' হায়বা ৱাহৈগী শিজিন্ন পথাপনা
হাপলে মৈচাক পৃথি' ইমাদ,
মসিনি মাগী মৈচাক
মসিনি মাগী মৈচাক
থম্মোয় ঐনা মৈশা লাংলিবা ।
খাম্বী মৈহোরে মালেম ইমা
কুমগী নোং লাক্লে রোইজ্রনে,
থকথ বয়নে মতমগী মহামন্ত্রগা ইরোয়ননা ?

মাগী মৈচাক

ঐগী মীৎয়েং,

ঐগী মীৎয়েং য়াম্ থুইস্সু হায়রগসু
মরমদি
অরাবা অমস্তুং সুঙাইববু
অমত্ত ওইনা লৌবা ওস্বা
ফিলো সোক্তর নত্তে ঐ
ঐত্তোন্দদি অরাবনা অরাবনি
সুঙাইবনা সুঙাইবনি
মেরু অনিগী খেন্নবনি ।
মতু নত্রবদি
হায়য়ু ধর্ম্মগী পুজারী
নোংজু ঈশৈদা
নোংখোঙ পাত্তক্তেলদা
হরাও মীনোক হমত্রবী
লৈকংলগী শক্তম লৌববী
মালেম লৈমসিগী মরমদ থরদং ।
মত্তে নহাক পাউখুম পিবা ওস্মোয়
অমুকস্সু হায়গে পাউখুম পিবা ওস্মোয় ।
নহাক্কা থস্মোয়গী অপেনবা পিবা ওস্মোয়
নহাক্কা আজানগী খোঞ্জেলনা
ওংলুহুনস্সু ইমাগী থস্মোয় অভিয়াদ ।
মরমদি হে মী,

মাগী টৈমচাক

নহাক্না মুসলমান মীংখোল লৌরগা
পৃথিবীগী মীওই খুদিংবু
উবা ওমদে মুসলমান ওইনা ।
মরম অসিমক্না ঐনা হাল্লরি,
ঐনা হাম্না খোনা লৈনা হাল্লরি,
মহাক মী নত্তে
মহাক মী নত্তে
পৃথিবীদা শান্তী পুরক্নবা ।
মংগী আজান
মংগী করিয়াল
রাহৈগী যাহুনি
তুমিন লৈয়ু তানিংদে
ঐ তানিংদে শুপ্নগী ।
য়েংউ কল্লিনে পৃথিবীসিনা
নংগী মায়খোং উরগা
কল্লিনে অপাম্বগী মহামস্ত্রদা
ঈরুপশ্রবা নখোয়বু উরগা ।
অহুবু হে খোদা
হে রহিম
হে বিশমিল্লা
মখোয়সিবু নহাক্কী অশেংবা পাওতাকলনে ?
ইরানগী ভম্পাক্ত,

মাগী মৈচাক

থরাম্ন নীশিং লিশিংবু মীরাম্নরিবা
অমংথোং লালহৈনলিবা
ইমামগী ফাম্নারিং স্কোয়াদ ।
নহাক হায়ু
নহাক হায়ু
মসিবু নংগী ধর্ম্মনীতিগী লাম্লোংলা ?
অদুগা হায়
মসিমক্তু হায়
মসিনক্তু হায়ু খৃষ্টান নং
নত্রবদি ঈথোলাংবনা চেকখাম্নখ্রগনি
ঐগী কংলবা খোনাওসি ।
পুন্সিগী শক্তম্ন অসিরা ?
আইরিসকী থম্মোয় অতিয়া ।
হে যীশু,
নংদি অশিবনি
নংগা মীৎতি মুংগী মীৎনি
নহাক উত্রমাম্লে
নংবু ফংনবা মহাকথক
খেন্নবা মীংয়েংগী লম্বীদা
থরায় কয়ানা চাদ থক্ত
থম্মোয়গী পাওদম পিরম্মগা পৃথিবীদা,
থরাম্নবু মীরায়জখিবা ।

মাগী মৈচাক

অময়োমদ থম্মোয় কয়ানা করেম্নরিবা
শিখ্রবা মপোকশিংবু অমুক ।
মসিবু করিনো
মসিবু করিনো ? ?
মসিবু করম্ব ধর্ম্মগী পথাপনো
মসিবু করম্ব ধর্ম্মগী পথাপনো ? ?
থরায়বু মীরায়ব নগুংলাংগী
অমুক নগুলাংগী কখোকখ্রবা ।
থরায়বু করেম্নবা ।

মীরায়বা
করেম্নবা
মীরায়বা করেম্নবা ।

নত্তে নত্তে হে ধর্ম্মগী পুজারী
পৃথিবীসিবু সুংশিবিয়ু
নত্রবদি, মথুংমা থাজবা
উমাগী লৈকোলগী লৈরাংশিং
হৌফম লোয়ফমগী
অচুম চুমদগী লামায়শিংসি
অমত্রা কনবা ভুমদনা চাকথেককখ্রগনি
অমত্রা কনবা ভুমদনা চাকথেককখ্রগনি ।
নহাক্ক ওইগনি মসিগী মরালসু
নহাক্ক ওইগনি মসিগী মরালসু ।

মাগী টৈমচাক

ঐনা ভসি লাওরিবা খোল্লাও
ঐনা ভসি হংলিবা ৱাহংগী পাউখুম
পিত্রবদি করিগুম্বদ
মীওইবা সমাজদ অচুম্বনি
ধর্ম্ম তায়বসে কেন্সরনি ।
অচুম্বমক ঐ পামদে
ঐ পামদে
ঐ পামদে মীয়ুংশি য়াওদবা ধর্ম্ম
ঐনা পাম্বদি মীয়ুংশিনি
ঐনা পাম্বদি
লাইর অনং অতোন অভাগী
তমখিবা শাপতগী মুক্তি ফংলবা
অচ্গুম্বা পুন্সিনি ।
ঐগী ধর্ম্মদি,
মনিং তম্ন পুন্সিসিবু ভাকপনি ।
তাবিয়ু, তাবিয়ু অমুক্তং তাবিয়ু
ঐগী খোল্লাও
ঐগী পৃথিবীসিগী খোল্লাও
ইমাসে ৱারে
থাওজবদা মৈচাকসি ।
নত্তেকো ইরোমদোমগী ওইবা মৈচাক
মৈচাকতি মাগীনি
থম্মোয় ঐনা পাওদমলিবা ।
নত্তে অমুক্তা থাম্মিয়ু মতমগী খোঙচৎ
নত্রবদি চাকথেকখ্রগনি ইমাগী হকচাংসি । ১৯৮১

মাগী মৈচাক

# তেংথাখোল

নহাক্না উৎপা মুত্তিদা
ঐগী থরায়না পামজবা মচুম্মু শংজক্লই
( তশেংবদি চুশিল্লু য়াদবনি )
অশুম্না নংগী মীত্রংগী মুত্তিদা
ঐগী ওইবা থুদিংমক কচ্চখি ।
হৌজিক্তি জগৎসে নংগী রাথস ওইখ্রেদো ।
চরি তৎলনা লাইখ্রবা ঐনি
অহুবু নংগী খোঙ্গনেৎকম অহুগী
ঐসু উফুল মরিক অমনি ।
ঐসু খোঙনেৎকম অমনি
সভ্যতাগী কৈরাক অহুগী ।
ইকোকসিদ মেৎহন
কাহনখিবনি লমদমত্তুদা নহাকপু ।
উসিদি মৈশা লাংলে থম্মোয় ।
ওইরে জগৎসি মীত্রংগী কুমৈ ।
নহাক মীত্রং হৈর বাত্তুগর
ঐ, মীত্রংবু থাজনা য়েংলগা ভাবক ।
নক্তে ইথবাকসি শেগাক থায়দৎপিয়ু
নংগী কংল' মীনোক্ক ওৎকম্নু
নংগী কংল' মীনোক্ক ওৎকম্নু ।
ঐবু হাৎপিয়ু
ঐবু হাৎপিয়ু
লাইর — অনংগী মীচৈ ফংলবা সমাজদগী ।

১৯৮২ ইং

মাগী মৈচাক

# HAIKU

## (!) ক্রিতিকস্

ক্রিতিকস্ হায়বদি
অপাৎপদ য়োমলিবা
নত্তব্রা হয়িং ?

১৯৭৯

Haiku is originated from Japan. It is a modern form of versification. It contains seventeen syllables only in three lines in such a way that the first line contains five syllables the second, seven and the third, five syllables respectively. It is crisp, concise suggestive never didactic.

মাপী মৈচাক

## (ii) লাইরবা

একাট্রেন ! লাইরবা
কৈদৌনি সমাজসিদ
ৱতোম শিজখো ।

১৯৮২

## (iii) ঐগী অৱাবা

শাংলে থাবক্লে
ৱাশকী ৱাংম লাম্না
নুংথিলদ ঙসি ।

১৯৭৯

## (iv) হৌজিক্কী ৱাজনিতিদ

লাও মাংজীন থাব
কেক্কু লোংপী শান্নসি
মল্ল কাসিদা ।

১৯৭৯

মাগী মৈচাক

# লাম্মী অমা শিবদ

জয়পুর

জানুয়ারি ১২, ১৯৮২ ইং ।

নোংলৈ মুংশিং অকি কংল অমনা
কেলহল্লনে থদৎতুনা লৈমায়থক্তা,
লৈরাং অমা অভাংবা কেলহমিংখিত্রবা
পৃথিবীগী সভ্যতাগী লৈকোন্দগী ।
অরাবনি মীওইবা জাতীগী
অরাবনি মুক্তি কংত্রিবা সমাজ অমগী
লাইর অনংগী, গুপ্তগী ।
ক্রেং ক্রেং
হেলো ............
পরিমল, উম পরিমলনি ভাংলিবসি
করি তাম্লসি হায়বা ।
কবিগীনো নহাক্ক নখোন্দো অতুক ফাইরিবা ?
নহাক কপ্লিবরা ?
সে করি তৌরে হায়রোমি ।
নহাক রা ভাংলরোইত্র
ঐবু রাহনগনু

মাপী মৈচাক

মরম লৈতনা ঐবু য়াহনগনু
নপুন্সিদ অমুক্ত কপখিদ্রিবা নহাক্না
ঙসি ইখঙ খঙহৌদনা
করিগী থম্মোয় অহুক শোক্ল কপ্লিবা ?
No নহাক কপকনু
মরমহু হায়য়ু ।
করি ? করম্না হায়সিগে নত্তে
হৌজিকমক হায়র্ঘু
মত্রবদি ঐগী ইখোলাংবগী ইথোঙ্গিসি,
চেকথারথ্রগনি থাঙমত্রবা ।
করি, করি হায়বা
মহাক লৈখিদয়ে ।
No ! নত্তে মত্তে, মহু ঙইথোক্কবনি
মহু শুকঙই ঙইবা য়ারোয় ।
মহাক, মহাক ঐথোয়বু থাদোক্ত্রনা চৎলোই
ঐথোয়গী পুন্সিগী মরম কয়ামুক লৈরি
লাইবক্কী অহুক থির' খেনকম,
লাইর অনংগী মুক্তিগী শক্তম অমা মাংখিবা
মায়ব থুম্নাইগী শক্তম অমা মাংখিবা
ঐথোয়গী থুংত — থাংলেম অমা মাংখিবা
সভ্যতাগী লৈকোন্দগী কেমখিবা
লৈরাং অমা অঙাংবা ঐথোয়গী
মহু শুকঙই ঙইথোক্কে
মহু শুকঙই ঙইথোক্কে
মহু ঙইথোক্কে । ১৩/১/৮২

মাগী মৈচাক

## ঐগী নুংশিবীদা

ঐগী রাখলদি নংগী জগদম্বা
উরু রুরু উংচুনা লৈরবা
ঐহৈনি মশাগী খোঙচৎ য়াওরবা ।
মফমসিদ ঐগী রাখল লৈজদে
মফমসিদ ঐতগী রাখল লৈজদে
মরমদি, ঐগী থম্মোয় লায়ুমসে
নংগী নুংশি মূর্তি ঙাক্কনি ।
পুক্কিংগী তেমথেংখোল কয়াদ
থম্মোয়না খোয়দাবা মচু কয়াদ
য়েকশিন্নবা নংগী নুংশি মূর্তি ঙাক্কনি ।
নংগী থাজনি
নংগী থরাননি
নংগী নুংমিৎনি
ঐগী থম্মোয় অতিয়াদ ঙাল্লিবা ।
মত্রবদি ঐগী থম্মোয় লমদমসি
অম্বোক্পা মথা থম্মোয় লমদম ওইরমগে
পুন্সিবু অমুক্তং মশক য়েংগে ফংলম্মোয় ।
অসুম্না নুংশিবা, নংগা নুংশিবনা
পুরক্লে ঐবু অশুক্কী মতিক লাখ্য
ঙমখৈগী ঙমখৈ রাংমদ
লৈহৈগী লৈহৈ রাংমদ
তানবগী লোয়থ নাইত্রে
নুংশি লমগৈগী লম্বীদা । ১৯৭৯

মাঙী মৈচাক

# পুন্সি (১)

অঙল ওইর' কংশিল্লবা উপালসিনা থল্লিবদি
পোমপি সগরবু ব্রাঈনবদি
ভিস্মভিয়াস্ পোকথায়বদগীনি ।
অসুম্না শিজ্জরবা মহাকস্থু
থোঁদোক অমত্তং থোক্তুনা
লাইবক ফঙ্খ্রমিদা অসিনি ।
অঙকপা ব্রাখলনি
তৌবগীদি লৈত্তবাজাংনি পৃথিবীসিদা
লাইবক থিবা অমসুং লাইবক ফবা হায়বসে ।
ঐখোয়না মঙ মঙই লাক্লদোরিবা অনৌবগী
ঐখোয়না কপ্পি, নোকই হৌথ্রবগীদমক
মসি মীওইবগী লোনচৎনি
পুন্সিগী শক্তমনি ।
মঙ মঙ্লিবা অমগী মফমদা
পুন্সি হায়বসি মঙলানি
অহুব অশেংবা পুন্সিদি
মঙলামাসবু থল্লায় কাপ্লিবনি ।
মীকুপসিগী ঐগী মঙলান্দি

মাগী টৈমচাক

ঐগী মঙাংবা লৈরাংশিংমা লৈশাং তমজবা

অসিনি ।

মীকুপসিগী মতুংদ ওইথ্রগনি পুন্সি, মঙলানসি ।

লোয়নমা মাগী ভেনথ্রবা ইতিহাসতা

মঙলান লৌশিং লৌশিং মঙখিনি

ঘসি পুন্সিগী খুদোলনি ।

হ্রাকচিংগী অয়ুকসিদা

ফুগায়না শাংথলিবা গুলাপসি উরগা

ঐনা হংনিংই

করিগীনো মহাক্না শাংকায়রক্লিবা ।

১৯৭৯

মাগী মৈচাক

# পুন্সি (২)

পিথোক পিশিন কারবারদা
মীকুপ'মা শঙনত্র ' মতমদা
এলিফেন্ট ঈশিং চাইবা মনাকা
মুংগী কম্বাক অমদা
নোংমথক কম্মিডে নিঙায়দ'
ঐগী রোশনিনা ঐভোন্দা হায়খি
"মুংশিবা হায়বসি পুন্সিনি" ।
উম, ঐনা খুমখি
মং ঐগী মরী
ঐগী ইমুং - মনুং
ঐগী মরুপ মপাং
ঐগী কৈরোয় লৈকায়
মীমুংশিনা লংলা ওই
হিংলিবনি পুন্ন পৃথিবীদা ।
নত্তলমক্রবা পৃথিবীদা লৈরম্মোয়
মীনা ' মী ' ওইহনা ।
পোকপা শিবদী
হৌকম লোয়কমগী য়ারী

মাগী মৈচাক

অহুগা এলিফেণ্ট ঈশিং চাইবীগী
তত্তনা চেম্ব্রিবা ঈচেল
পম্বুংফমগী লোয়নাইত্র ঈচেল
ঐগী ন্নুংশিবী রোশনিগী রাহং,
" ন্নুংশিদরা ?
পুন্সি হায়বসি অস্থম লোয়খিনিকো
ঐখোয় নুংশি নুংশি কায়মখিনিকো
অস্থম নুংশি নুংশি কায়নখিনিকো।"
ঐনা কয়াদ ন্নুংশিখিবা,
মানা কপ্লদা
মাগী থম্মোয়গী ইচ্ছলদা ।
অহুদা ঐস্থু কয়াদ কপখ্রবা
ঐগী থম্মোয়গী ইচ্ছলদা।
অসি ওইরেকো পুন্সি
অসি ওইরেকো নুংশিবা।
উম্ম — কায়নবগী লীশাং থারবা
ইতিহাসকী লমায়দা পৃথিবীগী
করি লৈরি অহেনবা পুন্সিগী থুদোল
উম্ম — কায়নবা নত্তমা ।

১৯৭১

মাগী মৈচাক

# অরি — অনৌ শিন্নবদা

## (১) অরিবা চহীদা

নং চৎলগেরা ?
ফরে চৎলো,
চংখিবনি ফরগনি ।
ঐদি কাংজমদ নৈরগমি
মংনা চৎখ্রবগী 'তুংদগ্ন
মংবুত্তমক
মংবুত্তা ।
মংগী ঋতু তরুরা য়োমশিনখ্রবা
পুন্সিগী ঈশৈাস
অরোয়বা মীকুপসিদা
ঐ অমুক্তা শকখিগে পেন্না,
নহাক তাখো অসিত্তদি
অহিংসি ঈচিক হু'ন্ন মক্তা ?
বিদাইগী য়ুথক মরুমদা
অমুক্তদি নোকলমখো মোকলমখো অমুক্তদি ।
মংগী নথাদা কোনশিনহিংয়ু ঐবু
অরোয়বা মীকুপ অতুফাংবদি,
অতুগা ঐস্নু চৎখিগে
শুক্রনবা লাক্লিবা মহাকপু
য়াইফ ব্রাথলগা লোয়ননা ।

১৯৭৯

মাগী মৈচাব

(২) অরোয়বা মীকুপসিদা

অরোয়বা মীকুপসিদা
অরি অনৌ লংদাইসিদা
অনৌবা পম্বুংগী অভিসারদা
ঐখোয়না শেমলি
হেং লাক্লিবা
নংগী অনৌবা য়াইফ ইতিহাস।
কেনখ্রেদো অরিবা মহাক্তি
মতমগী ভায়োম্নবা ভম্পাক্তা
হায়নবা নংহৌদনা
শিম্নরন্নগা পোৎলুমসি পাংগুমত্রবা খৌদাংগী
হৌজিক্তি খিংলক্লগনি শরিক
নংগী লীলাগী ফম্বাক্তগী
শরুক্লগনি ঈশৈ
নংগী য়াইফ পুন্সিগী,
থুদিংমক অনৌবা
অনৌবা ভাক্তনি উরগদবা।
য়েংঙোসে উরেদনা
খোংজাও ভরা হাংখরে,
মীকুপসিদা ঐনা মিজগদবদি
নংগী রাশকী পম্বুং চয়া
ঐগী অণ্ডাংবা লৈরাংসিংসি
শাৎহনবিয়ুকো মনিং ভয়া
নংগী অনৌবা লৈকোন্দা। ১৯৮০

মাগী বৈচাক

## (ঙ) অনৌবা চহীদা

ঐনা ঙসি হি - থাংলরিবসি
নংগী হিদেন ভাকমদমি
পুন্সিগী রাকৈয় হিসি
অসুম অসুম তাথৌরক্লবমি ।
ঙসিদি, চয়েৎনরবা ঈরাওথোলগী রাহং
হংজিল্লরগা ইদোম চয়েৎনখিহুনা,
পিওমজ্রবা রাহংগী পাউথুম কয়া
লোয়নহুমা হি - থাংলরবনি মংগী তোর্বানসিদ
হৌজিক ঐনা নৈদমজগদবাদ নকাদা
ভাহমবীয়ু নংগী তোর্বানসিগী ষুংশ ঈশৈ
তাওহনবীহুনা নংগী ঈথক — ইপোমদা
খংজখিগে মকাদগী লাইজগী অশেংবা থম্মোয়বু,
ইজগে নংগী পুন্স খোঙচৎসিদা
ঐগী থরায়গী ঈশৈ শমঙ ।
অহুগা ঙংলুসমু ঈশৈগী সুরমা
শান্তি মুক্তিগী রাহংদা শাৎলিবা
লৈকোনসিগী অভাংবা লৈরাংশিংগী নাপদা ।
পিসমু মহুনা থোমা

মাগী মৈচাক

পিসনু মহুনা ভদেকপা পাল্লল

পৃথিবীগী ফজববু কল্লনবা

করাম চাওবশিংগী মথুত্তগী ।

মহুনা শরী পন্থোন পোন্থ শকচগে

উম, মহুনা শকচগে

পরিমলগী শান্তি মুক্তিগী লানফমদা

পৃথিবীসিগী চেৎলবা রাশকী ।

১৯৮২

মাঙী মৈচাক

# তমথিবা লাইয়েকপু উরুবদা

সহরগী লখ্মী চিদাইদা
হিংলিবা দাস্তুবিন
নহাক্না অমম্বা তাইবং — শিনশঙসিদা
করিনো উৎলগদবা ?
ভাংলবা শংগ্রেং সিন্দুর মহাকথক
খোৎলবী নৈরাং নহাক্না
দাস্তুবিনগী মপোক্কা পোক্লরবা ।
ওস্থোকটদ মীওইবা জগৎ
মীওইবা জাতিগী চৎনবীদা
হে কুন্দো পরেং
মহাকসি ওস্থোক্লগু তমথিশ্লেদা
ভারত মাগীগী মপোক্কা ।
করম্বা তমথিবা লাইয়েকপনা
মচু অমম্বুং তুরীগী জগত্তা
য়েকলম্বীবনো অস্থুক মোৎপা লাইয়েকপু ?
শেপ্পা শেমদবা অনিগী খেন্নবদু
থমত্রি ভসিগী হিংলিবা পৃথিবীসিদা

মাগী মৈচাক

মপানগী শক্তমতমা অরেপ্পনি খন্নরি
খম্মোয়গী অশেংবা শক্তমগী ।
অহৃবু অসিমক্না অচুম্বা ওইখ্রবা
গঙ্গা — যমুনানা চেল্লিবা
অন্নাং ভারতকী শক্তমদি
তোংশা য়াওন্রবা পোলাংগী শক্তম ওইরোয়ন্রা ?
অহৃবু : খুদিংমকসি
হিংলিবা মীওইবা সমাজ
নখোয় করিগী খুমজিল্লি মীং
করিগী মেনশিল্লি না ? ?
অচুম্ববু ঙাকপদা
করিগী খম্মোয়বু অফা অপুন্নহল্লি
লানফমগী মশক ওইর' হকচাংদু
করিগী শেম শাজ্রি ফত্রবযু মাংহন্নবা ? ?

১৯৮০

মাগী মৈচাক

# ঐগী লাইথিগী শৈরেং অমা

হে পিক্লিবা ঐগী লাইথি
অসিমদি রাখলনি
অফ মীয়েং ঐগী,
অহিংগী অরোয়বা রাংলেম পুংরৈদা
ঐখোয়না শেমখি, ' পস্থুংকমগী অভিসার অমা,
অদুনা লাকখি নিংথম্মু ঐখোয়গী ।
হে পিক্লিবা লাইথি
ঐগী শৈরেংগী ছন্দদা
চেপ্লকসনু অমুক
অঙোবগী রাজনিতিদা
খকথ্রবা নালগী ঈচেলহু ।
ঐগী শৈরেংগী ছন্দদা
তমলকসনু অমুকহন্না
লাইজ ফংত্র সাহারাদা
নোংগী মপৈ মপৈনা ॥
ঐগী শৈরেংগী ছন্দদা
শিব লৈত্র ' থরায়গী
মাংলুরবা নরাখলহু

মাগী মৈচাক

নখশ্মোয়দা লাকসনু ।
হে পিকলিবা লাইথি
থাজরবদি নহাক্পা
ভার ৩কী ফিনমদা
ঐনা থুশিন্নজরি
লাইবকপু নৈশেম্বদা
ঐগী য়াকৎ
ঐগী মরৈ
নশুং লাংগীদমক ।
কবি অমগী মপোকতা
শৈরেং কয়া লাংঙানবগুন
ফংসনু মুক্তি নহাক্কী থগ্গায়না
ঐগী শৈরেংগী মপোক্তা ।
মসিমদি ইয়াখলনি
অফ মীয়েং ঐগী ।

১৯৭৯

মাগী মৈচাক

## লৈমাবদা

কোরৌগী মৈশাদ
চাকথেক্র' মালেমনা
কাহৎল' মহৈ মরোংগীদমক
নংবু কৌরি ওক্তনা
হে তামথ্রবী,
কোরৌগী কল্ল মৈশাদ
শক্তম ওন্না পাইথ্রবী লৈচিন ও।
করম্বা পুক্লিংগী রাজনীতিদা
অকাওবা পরৈ চনথ্রবা
পুন্সিগী রাশকপু।
মীনুংশিগী ই মরিক'মত্তা চেজ্রবোই
নংগী খংম্মোয়দা।
অসোমদা নংগী মাইকৈ য়েংহনা
হৌরি চাকথেক্ল মহৈ মরোংনা।
অঙুবু নংদি ফম্লি
মচি লেংদনা
মফম হোংদনা
সোরারেনগী লৈবাক্তা

মাগী মৈচাক

অয়ং অয়াকী জগত্তা

তক্ষংখুবা মীওয়ালগুম

নংদি ফমলি মফম হোংদনা

লৈঙাকলোনগী য়াংমদা

সুংনা শাব মূর্ত্তিগী

সুংগী ফিদম্বু ঈরাৎতুনা

অহুবু কাওখিসুকো অসিমদি

মোংখাংগী কল্লব শাকুদা

মোংলৈ সুংশিংকী খায়াত্তা

নচাকসু নোংমদি শোয়ত্রবনি তারবা ।

১৯৮০

মাগী মৈচাক

# নৌরিবা ভাবক

ঐদি পৃথিবীদা ভাবকনি
য়াম্না নৌরিবা ।
তাজরি পুক্কিং চঙনা
মখোয়না শকপা ঈশৈগী স্নুরবু ।
শারি জগোয় হায়না হুমনা
মখোয়না য়েৎবা পুং - শেলগী তান্থাদা ।
য়েংলি মীওইবা জাতীনা
মুস্থখ্রবা মীৎয়েংগা লোয়ননা
নখোয়গী মণ্ডন মওনগী শক্তমবু
জগৎকী ফম্বাকান্দা ।
মঙালদি অমত্তনি
অহুবু খেন্নবা মচুনি নীঙ্খাইগা
অহুনা উহল্লি জগৎপু মচু মচুগী ওইনা
নৌরিবা ভাবক ঐনা ঙাওথিবত্থ, মীকুপতুদগীনি ।
ঐ খওদে করিগী খেন্নরিবা
মখোয়গী খুপুখোক
অমস্নুং খুৎলোশিন্দা মীয়ামগী ।
ঐ খওদে করম্না খেন্নখিবা অস্নুক য়াম্না

মাগী মৈচাক

হ্রাহৌদোক অমস্তুং হ্রাষোইশিনগী মরক্তা ।
ঐ খঙদে আসিমস্তু করিগী নৈরিবা
ভাবকশিংগী থম্মোয়দা খেন্নবা সংসার
ঐ খঙদে করিগী থোকলিবা মচু মচু
জগৎকী কন্থাকসিদা ।
অতুবু ঐনা উজবদি মচু অমথক্তনি ।
অসিমক্তা ঐগী মচুগী সংসারদু
লোয়রিথ ঐগা মীয়ৈংগী অভিয়াদা
অস্তুম্না ঐগী তম্পাকসি অস্তুম অস্তুম পিকশিল্লকই
অস্তুম অস্তুম পিকশিল্লকই ।
মতমগী ঈচাওনস্তু অস্তুম কোয়শিল্লকই ।
মতুদি ঐ লেংকম খংদনা
হিংলবনি ঐগী হ্রাখলতগা লোয়ননা ।
নোংমদি ঐগী থোঙনেৎফমসি
শোয়ররোই পোন্থায়রকপা
শোয়ররোই মৈগী চৈং ওল্লকপা ।
মতমতুদা নৌরিবা ভাবোক ঐগী
অঙ্কগী ফল ভারগনি ।

১৯৭৮

মাগী মৈচাক

# লৈশাং তমঙমদ্রবা লৈপানবু উরুবদা

অপুনবা লৌচিং মহাকথক
মাইতোম ভাবগী অতিয়াহ মাঙখি
অসুম্না ইমা নংগী তম্পাকথক
অনোবা মপোক কংজখি ॥
ঙসিদি বসন্ত কুম্ন্রাহুমমোইগী
মপোক লাংঙেন হায়রক্লে
রাখলগী মুর্ত্তি অমত্তুং শাগৎচরকপা
ইমা নহাকা তম্পাক্তা ।
অদুবু মুর্ত্তিসিগী থরায়গী ঈশৈবু
শকথঙবিদ্রি ইমা নহাক্লা ।
মীওইবা জাতীগী চাওখৎ লমতেন্দা
অরাংবা রাখলগী চৌংনোন্দা
মীতৈ ঐখোয়না কাহুনা লাওজবা,
"হে ইমা ঘুংশিরবী ভারত
নহাকো মীংলেন শোনবদা
থাওহনবীয়ুকো মুর্ত্তিসিগী মরোলশু ।"
অদুবু তিনখি অহাংবা অতিয়াদা রাকৎমা
লৈখিবনা ইমামা খোঞ্জেলগী থাংমদা ।
মসিবু করবা মোংদমমো!
মহাকী তম্পাক্তা পোকচমনগী ?
বসন্ত কয়ানা হৌখ্রবসু
কুমগী নোং কয়া লাকখ্রবসু
সভ্যতাগী লৈচল ওইনব
থাজরুবা লৈরাং চারনা
লৈবসিবু লৈশাং তমঙমদনা । ১৯৮২

মাগী মৈচাক

# Sonnet

নিংবা কায়রবগী মায়থোংদি কাহৎলবা
উবা ফংগনি ইমাবু শকহৎলবা তশেংনা
করিগুম্বা চৎলিবা পৃথিবীগী খোঙচৎপু শকহৎলবা
করিগুম্বা ইমাবু সুংশিরবা তশেংনা ।
খেন্নবা ঈ.চলনা চিংলোন মাপন মমথায়রকত্তে
খেন্নবা ধর্ম্মনীতি রাজনীতিগী ঈপাক্তা ঈরূপরি ।
ঐখোয়, ইমাগী মচা ঐখোয় ঈরাক্ররফত্তে
অচুম্বা খঙদনা পুন্সি ওসিন্থু লম্মাংনরি ।

ধর্ম্ম হায়'বু করিগীনো ?
অচুম্বগীনি ফজবগী সুংশিবগীনি ।
রাজনীতি হায়বনা করিগীনো ?
লৈবাকীমি, মায়ন থুম্নাইগানি ।
অদুবু ধর্ম্মনীতি, রাজনীতি ওসিদি ঐখোয়গী
ওইরে রাইথুনা চাওরগা চাখোকপগুম হকচাংদি মমাগী

১৯৮২

মাগী টৈমচাক

# নিঙশিংজবা

মীনা হায়নৈ

নেশা পান্নব মীকুপহুদি

পৃথিবীবু

ইশাবু কাওই ।

ঐনা হান্নিংই

ঐগী পুন্সিগী আরোন্নবা মীকুপতু

ওইসনু নেশা পান্নব মীকুপ্তা,

পৃথিবীবু,

ইশাবু কাওথোকপা ঙমবা মীকুপ্তা ।

মরমদি

ঐ পৃথিবীগী ফজববু

থাদোক্নুনা চৎনিংদে ।

১৯৮০

মাগী মৈচাক

## লাইৰক থিৰবা মীতোপ

অঙনবা অয়ুক্তগী কামুংশিদা লৈরকপাম
অয়ুক্তং মতৌশাগী ফজবচু য়েংজনিংবমি
অচুবু য়েংজবগী অধিকারচু ঙামজবা ঙমজদ্রে ।
শিজিং ফেন
উংলি অরোয়বীদা ।
ঙসাইদগী লোংখাক লোংনা ঙাচুমা লৈরকপমি
ইস । অউংবীসিদি উংইমা ।
পাইশিল্লকু্না উংলৈ লশিং মফোল কয়া কয়া
অয়ুক্তা নাম্বোকপা ঙমদে মখোয়,
অয়ুক্তং উংখবদা
অয়ুক্তং উংখিবদা
ঙম্নগী ।
ঐগী মরুপ ইবোহলমা হায়,
" পৃথিবীদি থমখো,
মহাক্তি মাংহন ঙাহনবা ঙমদনা
হিংলল্লবনি যুগ কয়া কয়া
বিজ্ঞান থুচুম চনবা ঙমদনা ।
থংগদবদি ঐখোয় ইশাবুনি ।"
উম, থংগদবদি ইশাবুনি ।

মাপী মৈচাক

পৃথিবীদা হিংলিবা ঐখোয়ন

ঐখোয় ইশানা ইশাবু মশক থণ্ডবা

মশক থণ্ডবা কৈ ।

ঐনা খোনাওসি পোকথারমখৈ লাওখৈ

অউংবিসি লেপখিনবা ।

সুইসহুমতং ফংলবদি –

অউংবিসি লেপহনগে থৗসি ।

অচুবু সুইদ ।

মণ্ডাল য়াওদ্রবা কাসিগী

জীব খুদিংবা ওইরম্মে সুইদ

মুখৎপগী শরুক য়াওদ্রবা ।

ও লাইবক থিরবা ঐ,

ঐ মণ্ডাইরে মীতোপ ওইরিবা ।

১৯৭৯

মাপী মৈচাক

# মীরগঞ্জ

## (১) মতম

মহাক্কী মমাংঙৈগী ইতিহাস
মতমসিগী লৈরোম্না কুপথরে
মরোল মরোল নাইনা,
নিঙশিংব থোক্কনবা অমুক ।
নিঙশিংলুবগী কান্নবা লৈতে
মরমদি পুন্সিগী য়াম্না লুরবা;
অচুমবমক য়াম্না লুরবা য়াকং অমা,
থরায় চা কয়ানা
পাওথুম পিরিবা,
লোয়না মাঙখিবা তাবমি
মমাংঙৈগী ইতিহাসপু কমথৎপা তারবা ।
থিংবা ঙমদ্রবা য়াখলগী ঈচেল
অমরোমদা অহোংবা নাইবা য়াখলগী মীওইবা,
নহাক্কী অওনব শক্তমদা,
মতম অমদা ওইরমবা
ফজবগী শক্তম কয়াদু
মতম অতুগী তা ওইদুনা তোকখি,
হৌজিক্তি মাগী কান্নবা থগলরোয় ।

---

মীরগঞ্জ ইলাহাবাদ সহরগী ময়ায়দা লৈবা মফম অমনি । মফমসিদা জহরলাল নেহেরু পোকখি হায়নৈ ।

মাগী মৈচাক

চুম্থি, হিংলবদি থুপসিদদনি
হিংগদবস্থু হৌজিকী গোভক্তেনসিদনি,
শক্তমসিনা অচুমবা পূন্সিগী মশক্তি
হিংনবগী লসবীন।

(২) রাজনীতি ১সুং মরম

অর্থনীতিগী লমজেন্দা
হিংনবগী রাহংদা
পূন্সিগী বরগেনিংদা
স্থপ্নগী লেপ্প তুমজত্রবা
থরায় কয়াগী রাহংগী পাওথুম
পিদবা শক্তমনি।
মসিনা মরমনি,
মসিনা মরমনি
পূন্সি রাজনীতিগী পন্দুং চন
হিংনবগীদমক,
করি করি তৌব ওন্থি হায়বগী।
অময়োমদা নহাক্ত করিগুম্বা থম্মোয় পানবা
ওইরম্রবা, নহাক্তা করিগুম্বা পূন্সিবু শকথওলম্মব
হে রাজনীতি,
নহাকন্থু অরৈবা পি শিন্থিরমগনি
শিজরমগনি নত্তোমতা থৌরি য়াম্দুনা

মাগী টৈমচাক

মতমসিগী চৎনবীগী উশা অমদা
নত্রগা মরু ফংনা মুখৎলমগনি
অর্থনীতিগী মীচৈ চায়বা উপালসি ।
অহুবু নহাক হিংলি
অশিবগা মায়রব নহাক হিংলি ।
ঙসি নশাবু হিংলি থাজরিব খম্মোয়হু
ওইত্রবনি অমুক অতুগুম্বা খম্মোয়
মতুদি অচুম্ববু মশক খঙগে থিরিব
পৃথিবীগী ফজববু য়োকখৎচনিংবা ।

## (৩) ম ফ ম

মতম অমগী লৈকোলনি
অঙাংবা গুলাপমা লৈশাং তমখিবা
ঙসিদি ওইরবমি পুন্সিগী মরম কয়ানা
লৈরোল চনখ্রবা অতুগুমবা লৈকোল
লৈরম্মী হায়বগী মমী তাত্রবা ।
মফমসিদা উব ফংগনি
অহিংগী লৈরাং লীশিং লীশিং
মুমিৎ থোকত্তে
থা থোকত্তে
মুমিৎ থা — থরান মৈচাক
লোয়না মাঙখিনি মফমসিদা ।

মাগী মৈচাক

উগদবদি হেন্না মমা' পৃক্সিগী মশকদি
উগদবদি হেন্না মমা মীওইবগী লমৱৗদি
উগদবদি হেন্না মমা সমাজ অমনি ॥
অহুবু অমম্বা লমৱীদা,
অমমবা কান্নুংদা,
অমম্বা সমাজদা,
হিংলিবা মখোয়গী থৱায়মা
মঙাল্বু পামদনুনা, লাকখিবস্থু নত্তে,
মখোয়না সমাজপু নাথৈবমবস্থু নত্তে
ওসগী সমাজ অসিনা মখোয়বু নাথৈবমবতনি ।
মরম অসিমক্তা
নহাক্ত পুথোকপা ওন্মোয়
অমম্ — অঙানগী খেন্নবা ।

(২) কস্টউমর

মশাগী মঙাল য়াওদ্রবী
অশেংব শকুম উংত্রবী
মখোয়গী অকংবা মীনোক,
মখোয়গী কোস্মোপোলিটানগী কা,
মখোয়গী কোস্মোপোলিটানগী কদুং,
মখোয়গী কোস্মোপোলিটানগী হকচাং,
হকচাংহুবু মনত্রিক্লরিবা, ওসগী মমী শান্নব
সমাজ অসিদ হিংলিবা ঐখোয়,

মাগী মৈচাক

ঐখোয় মখোয়গী কষ্টমরনি ।
মীচৈ চায়বা পামেলদুগী
অয়াবগী ময়মস্থু ওইরিবা
হিংনবগী অমম্বু লমবীস্থু ভাকলিবা
ঐখোয় মখোয়গী কস্টমরনি ।

## (৫) ঐগী রাখল

লম্মাংনরুই ঐগী রাখল
অদুগুমবা লমবীদা
অদুগুমবা কাসিংদা
অদুগুমবা হকচাংসিগী মহাকথক ।
অদুগা নাপশিংদা চেকশিন্ন হায়জরুই,
" পূন্সিবু মশক খঙবিয়ু ।"
অদুবু হেন্ন রারিবদি
মচু শংলবী কনাগী চিনবান্দগী
অকংবা মীনোক্না হংলকথি,
" অদোমবু পূন্সিসি করিনো খঙবিরবরা ?"
ঐনা খল্লি মাগীসিবু,
মীনা হংনৈ হায়বগী,
পংহং হংলিবরা ।

মাপী মৈচাক

অচুমবনি মীশিংসি মরম ইরৈ লৈত্তবদা
পূন্সিগী ফিলোসোফিগী মরমদা হংনৈ ।
মত্তে কনানা খুমখ্রবগে
কনানা মশক ভাকথ্রবগে পূন্সিবু ?
পূন্সিবু মশক মুন্ন খঙলম্মব ঐখোয়না,
ঙসি ঙইরিবসি ঙইরমলোয়
অচুমবমক লাইনা পকলবা সমাজসি হিংলম্মোয়

## (৬) য়্যারোয়

হে ইমা পৃথিবী,
নহাক্কি অথাঙ্ কনবীনি ।
অহুবু নহাক্কী ফিদমমা ভাক্লিবা
অচুমবা, ফজবা, ভদেকপা শক্তমদগী
মরায় চায়থর' সমাজসি উরগা
অয়াবা কৌবা লৈত্রবরা ?
— নত্তে, মহাক শোয়দনা মৈশা লাংঙমগনি
মত্রবদি, ঐনা ঙসি লাংলিবা অয়া মৈচাক
কংলম্মোয় কৈদৌঙ্গং মাগী মৈচাক নংলমত্রবা ।

১৯৮০

মাগী মৈচাক

# অয়ুকী ঈশৈ

নোঙাল্লমদায় অতিয়াদ পকপ
খাজগী নিংথিবা মঙালনা
লৈতেংলি অয়ুকী লীক্লাদ
ঙমবিরি পুন্সিগী ঈশৈ
তিন্নবগী মুঙাইবা ।

ও কয়াদ ফজখ্রবা, হে পুন্সি,
ছন্দ তাল য়াঙত্রবা
খম্মোয়গী থিংঙমদ্র কবিতা
স্মুর নাইমা শর্কহনখিব,
মীকুপতুগী পুন্সিগী মশক্ত
ঐনা কয়াদ হয়াওজখ্রবা ।

অমুক, লোংপোক খংবা অতিয়াদ,
ভুবন চাংগী মরুমদা,
লীথৎলকলিবা সনাগী লংল মঙাল,
মঙালনা কাঙজিমখি
ঐগী থম্ম খম্মোয় অতিয়া ।

লোয়ননা ইমীৎসিনা উজখি
অমুক ওদিগী অয়ুক অসিদা,
ঐগী পুন্সিনা
পেয় য়েংজব ঙমবা
হুমিৎকী অশেংবা মশক্ত ।

মাগী মৈচাক

অসুম্মা,

হে নিংথিরবা অমুক
মঙফাওনহল্লে ঐবু নহাক্না ।
তমিবরে তোল্লবদা
অমত্তা ওইবগী, তিন্নবগী মুঙাইবা ।
ঙসিদি নঙোন্দা চংজরি
মহুদি
লৈশাং তমহমবিয়ুকো লৈকা ফংলা
ঐগী অঙাংবা লৈরাংশিংসি
নহাক্কী চেংলব কিদম মথাদা,
ফুংশি ঈরিক খিকপিহনা
নংগী অয়ুক্কী ঈশেনা ॥

১৯৮২ ইং ॥

মাগী মৈচাক

## পাওজেল

নংদি খঙলরোয়
নংনদি খঙসরোয়
করিগীমো ঐনা পাওজেল্লিবা
বসন্ত বসন্ত খুদিংদা ।
য়াকচিংগী উমলেম্ন চাকথেকখ্রবা
মনা য়াওত্র উচান পামবীশিংসগী,
ঐনা ভাসদি কৌরি হে লাক্লরোরত্রবা
লাইবক থিবা মাগী বসন্ত,
ঐনা কৌরি হে লাক্লরোয়ত্রবা
অকাওবগী লৈরোম্ন কুপথ্রবা নহাকপু ।
ঐ থাজরমদে
থাজত্রি হৌজিকসু
অমরোমদা ওইহান্নংবা অমতদি ওইখিদে
অচুমক্কা থাজবসি থাদোকপা ভাই ।
পুক্লিংগী চাংয়েং কয়া মায়খিধ্রে
— পৃথিবীসি ওয়মক অরানবা ওইরম্মে
মংগী মায়থোংদা মমী অমতা তাখিদে
মংগী মায়থোংদা মমী অমতা তাখিদে

মাগী নৈচাক

মীনমবগী, ওইদবগী, অরানবগী ।
ঙম্নবা চীংমায়দা
উচান পামবৌশিংগী মখোংদা,
পূন্সিগী লুরব ভাকক কম্লাদ
ভাহল্লিংদনা ভাখ্রব ইভাগী নোংলক্কা;
নংদি কাওরম্মগনি
নংদি কাওরম্মগনি
নংগী ঙহাকী ওইবা
ব্লাখপগী তেন্দোংদগী কাপথোরকপা ব্রাহৈ,
" সুংশিবা নহাক্ক চৎখিবা ভারব করিগুমবদা,
ঐগী পৃথিবীগী ফগ্নবব য়েংজনিংব মীৎসি
উথ্রোয় কৈদৌনুং — অচুমব, ফজব হায়বছ ।"
— ইভাগী নোং খুদক্কা লেপখি
ছমলকখি মাখিব সুংশিৎ
হায় — ছমখি নহাকী শমলাং,
অগৎসিমক, নহাকী ব্রাহৈগী তেন্দোংদা তোংছনা
কোয়পাই পাইখি ।
অছুবু ঙসিদি মল্লোল চোংত্র
উচাল পামবৌশীংসিগী মখোংদ,
কপলি ঐনা মতমছুগী ইতিহাসপু
ইথান্নুংদা চেৎনা কোল্লুনা ।

মাগী মৈচাক

ঈনিংথুই করিগীনো
মংগী মুংশি রারী অমত্তঃ
মুত্তনা লৈহৌনবা মতমগী চেবাংখক্কা ।
অতুবু , নেশা পুমবদগী অহৌনবা
নংগী মীমুংশিগী নেশাবু
ঈখোরাংজবা ঐগী থম্মোয়
থুক থুক কংখ্রেদো ওসি
মংগী নপাও ডাইবদা ।
খোকথিত্রে রাহৈ অমত্তা,
নিঙশিংবগী পুক্নৈনগী চুপথোরকপা
অমুক মচুগী ময়েক্কা
অরৈব মীৎকি পি শিন্দজবা নত্তনা ।

১৯৭৯ ইং

মাগী মৈচাক

## ঐ

ঐদি অঙাংব লৈরাংনি
নিংথমগী উন্ন চাহৎপা ঙমদ্রবা
নোংলৈ — মুংশিৎনা মাঙহনবা ঙমদ্রবা
লৈরাংনি ঐদি অঙাংবা ।

ঐঙোন্দা লৈ শক্তি
ঐঙোন্দা লৈ মুক্তি,
ঐদি মৈনি
ঐদি নিউক্লিয়ারমি ।

চাকথেক্কনি ঐনা
তুমহনগমি ঐনা
পৃথিবীগী শান্তি থুগায়বশিংবু ।
ঐদি অঙাংব লৈরাংনি

শাংখিমি ঐনা শাংখিনি
ৱাকচিংগী উমরক্তা
কালেনগী মৈশাদা
ব্রহ্মগী মায়োক্তা ।
ঐদি অঙাংব লৈরাংনি
শাংখিনি ঐনা শাংখিনি

মাঙী মৈচাক

মায়দবা থুম্নাইগী মায়োক্তা ।
ঐদি অঙাংব লৈরাংনি,
ঐগী থম্মোয় মথে হিন্দুগীতা
ঐগী থম্মোয় মথে মুস্লিমগীতা
ঐগী থম্মোয় মথে খৃষ্টানগীতা
ঐগী থম্মোয়দি অপুনবগী মশক্কি ।
ঐঙোন্দা লৈতে ধর্ম্মগী খেন্নব,
ঐঙোন্দা লৈতে হিন্দুনা হিন্দুগীতা থনবা
ঐঙোন্দা লৈতে মুসলিমনা মুসলিমগীতা থনবা
খৃষ্টান খৃষ্টানগীতা থনব,
ঐঙোন্দা তিল্লি জাতী ধর্ম্ম খুদিংমক
ঐঙোন্দা তিল্লি মীওইবগী ঈচেল খুদিংমক ।
ঐগী থম্মোয়দ মহাসাগরনি
ঐগী থম্মোয়দি মালংপাননি ।
ঐদি অঙাংব লৈরাংনি,
ঐ চপোকথি মৈতৈ ওইনা
অহুবু ঐ অহুঙবা মৈতৈ নথে
মহাক্তু মৈতৈগীতা থনবা ।
মরমদি পিরকই ইমানা থম্মোয় অমথক
মহুদি পৃথিবীগী ফজববু য়োথংমনবা ।
ঐদি অঙাংব লৈরাংনি
ঐগী অঙাংব মঙালনা,

মাগী মৈচাক

মচু ভরেংবী অগত্তা
অচুম্ব মঙাল উৎখিনি ।
ঐগী অঙাংব মঙালদা
লৈচিন ওন্দুনা পাইখিনি
ভমখিবা উনগী মপৈশু ।
ঐগী অঙাংব মঙালদা
পৃথিবীবু থুমহৎপা,
থক্খিনি ঈশিং ঈচাউম্ব ।
ঐদি অঙাংব লৈরাংমি
ঐদি নীংতম্বনি,
লাইর অনংগী তমখিব শাপন চংব তমত্রবমি ।
ঐদি অঙাংব লৈরাংনি লৈশাং তম্বিব
মামব থুম্নাইগী লৈকোন্দা ।
ঐদি অচুম্বগীনি
ঐদি ফজবগীনি
ঐদি সুংশিবগীমি
ঐদি মীওইব অাত্তাগীমি
ঐদি মালেমগীনি
ভম্বগী

১৯৭১

মাগী মৈচাক

# ব্রেজনেভকী মফমদ

খঙহৌদনা খল্লগ পুথ মাওংখ থম্মোয়দগী
শকউত্রিব নংগী রাখলত না শির্নাখ থম্মোয় লমদম
নগুংলাগী রারে থম্মোয়, কিম্বরক্লে লোয়বী চাংজাও
ইমম্ মম্লে মীয়েং শতিয়া ।

মান্নব — খুন্নাইগী থম্মোয় অতিয়াদ শাখল তোইরম্ম
পুন্সিগী মরম্বু খৌরাংনা ডংখোকলম্ম
মুক্কুগী মন্নুনা পৃথিবীগী ফজববু য়োখৎলম্ম
নহাক্কি মরূপনি ইরেবার্কাত ঐগী ।
অদুবু পাখোং কৈদ চৎলবগে ঙমিদি
মরূপ কায়ন মেশা লাংলে ইরেবার্কাত ঐগী ।
হে লাম্মা, হে লৈভাকপা,
নহাক কায়নবগী চেংখাখোয় নিল্লে ঙমিদি
বেরেনসিগী অতিয়াদ, ব্রেকসিগী ঈপাক্কু ।
নহাক কায়নবগী অরা — খোঙ্গাং তৈরি
চীংয় — মান্দ, করপেথিয়ান্সদ, অরাং কডকেসস্দ ।
নংদি মুক্কিগী মশকনি, কোংসজমগা মমু থুদেকপানি,
নহাকপু নিঙশং শিঙ্খৃরি পিরাং মীওইব জাতীনা
যুগসলোভাকিয়া, পোল্যাণ্ড অমসু হাঙ্গারীগী লমদমদা ।
হে শোভিয়েতকী নোংমদোনকোনগী মবুঙো,
লেনিনগী থাংলেন অথোব,
মান্নব — খুন্নাইগী শক্তম ওইরিব
চৎলেদো নহাকাত পুন্সিগী অরোয়ব খৌদাং পাঙখোকতুনা
শিন্নরম্মগা কায়ন — মৈচাক ।
ওঃ অরাবনি মীওইব জাতীগী
অরাবনি পৃথিবীগী — শুম্মগা ।

১১/১১/৮২

মাগী মৈচাক